লাইনিং

# খুদা নিপান



নাওরিয়া ফুলো

মমল—লুপা ২.৫০

# লাইনিং খুদা নিপান

## ঐহাক্কী ৱাখল

লাইনিং খুদা নিপান হায়রিবা শৈরেং মচা অসি লাইনিংহন ঈবুঙো নাওরিয়ানা ইবিরম্বা শৈরেংশিংগী মন্নু'দগী অমনি। শৈরেং অসিগী ঈচেন ঈৰ্বনা-- "ব্রজ ভব, বৃন্দাবন রস" কী ঈচেনগা মানবগুম তৌই। অতু ওয়রবন্নু, "রতিক্রিয়া, শৃঙ্গার রস" তগী থৈদোক্কুনা—'ব্রজ' না লম্বী (বৃন্দাবন ফংনবা লম্বী) 'বৃন্দাবন' না লেম্ফু ওয়তুনা লম্বীগা, পন্থুংভমগা মশা অমতনি হায়বতু তাক্লী। চংশিনবনে, লম্ব নে, পন্থু ভমনে (সাধন, পন্থা, লক্ষ্য) অমনা অমগা মরী থাংনতুনা মশা অমতা ওয়রিবনি। কয়াৎশিংনা মঙম (মা-মানা ওম্বা) পাংথোক্কুনা মপানগী ওয়বা পোৎপু, কয়াৎ মশামক্তা পোরক্কুনা লেম্ফুদা পিররগা থত্তি। থত্তবা মতমদদি, হকচাংনা থত্তবনি, লেম্ফুনা থত্তবনি হায়বা তোপ্প লৈত্রে। হকচাংনে, কয়াৎনে থম্মোয়নে, লেম্ফুনে, মশেন অমনা অমগী মথা পোন, অমনা অমগী চান্নবা মরুপ ওয়, থম্মুংনা উমং, হকচাংনা-মপান ওয়তুনা মন্নুং মপান ফাওনা কুম্মৈ শানরি। শানরিবা কুম্মৈগী মরোংদি—তাইবং-মেনগী অমা; লাইরম-মেনগী অমা, অনিনি।

মশক, মহাও, মনম্নচিংবা মপানগী ওয়বশিং অসিবু কয়াৎশিংনা পোরক্কুনা পুক্নিংদা পীরৈ। পুক্নিংদা মপানগী থোরাংবশিং (objects) অতুনা য়ৈরগা পুক্নিং ঈথক হৌই। ঈশিংদা লৈতুম থাদরগা, লৈতুম অতনা ফুবদা ঈশিং অতু ঈথক ওয়না হন্দোরকই।



লৈছুম [illegible] লুপ[illegible] ঈথকশিং অত্থনা হনজিল্লক্কু্মা লৈছুম্মা লুপখিবা [illegible] অত্থদা তিন্‌খি। অত্থগুম্মা পুক্লিংদা মপানগী পোৎনা য়ৈররগা পুক্লিং [illegible]ক আস্র ঈথক হৌই। হৌরিবা পুক্লিং ঈথক ঈপোম অত্থনা হন্[illegible]ক্কুনা, য়ৈররিবা মপানগী পোৎ অত্থদা, পুক্লিং ঈথক অত্থ তিনখি। মতম অতদা পুক্লিংদা পোৎ অত্থগী ওয়রিবা মরোং অত্থ কাওই, থঙী। মাত্থবু মপান্দগী লৌশিল্লকপা (external knowledge) কৌই। মপানগী পোৎ অমনা পুক্লিংদা হেক ফুববা, পুক্লিংনা পোৎ অত্থগী মরমদা হেক নিংসিঙকপ' অত্থবু মপানগী পোৎ অত্থবু এক্স কৌত্থন, এক্স প্লস মাইন্দ কৌই। পুক্লিংদা অথঙবা লোয়নরি। অথঙবা অত্থ শিরেন্দগী লাকপনি লাই হায়রিবত্থানি, লাই অত্থ মত্থংদা হায়া লৈত্থনা থঙবানি। মসিবুনা থত্থংদগী কাওবা (internal knowledge) কৌই। থত্থংদগী কাওরিবা অসিনা লাইনা পিনবনি। লাইদি ঐখোয়না উদবানিনা উদবা লাইবু রাই কৌত্থনা পুক্লিংনা থঙিবা অসিবু রাই প্লস মাইন্দ কৌই। এক্স প্লস মাইন্দগা, রাই প্লস মাইন্দগা শন্নরগা লেন্স্কুদা ত্থমত্থন' লৈবা লৌশিংবু হৌদোকই। লেন্স্কুদা ত্থমত্থনা লৈবা লৌশিংনা পাঙকইবা অসিবু, অহন ইবুঙো নাওরিয়ান।—"মেংঘরবা লৈবুনগী ফম্বাল কমলেন মথক্তা শুকথরবা উমংগী ফজথোইবা লৈকোন্দা' ভাইবংপানগী মবুঙো চেপ্রম্রা কাওবত্থনা" হায়বা ফজরবা শৈরেং অমা পুথোকপনি হায়না ঐহাক্না হন্দোকচৈ। অহনমক্তা ঐঙোন্দা ত'কপিরম্বদি নাত্তে। লৌশিং হায়বা পোৎ অসি মপানগী ওয়বা থত্থগদবা অমবু মত্থংগী ওয়দা থঙবগা শন্নহল্লিবা অত্থবুনি (the relation between object and subject)।

মৌরায় পানবা পুম্নমক্কী মকোক থোঙাবা মীওয়বা মপোক্কী ঈশাগী মুঙায়নবনি (সকাম ধৰ্ম্ম; religion practised for the attainment of some particular blessing), মাহু নত্তে ঈথৌনি (নিষ্কাম ধৰ্ম্ম ; a virtue practised for its own sake) হায়বা রাখল অনিসিগী রাংমদা—হকচাং কয়াৎ, শিংলৌ, তাংলৌ, খোইরৌ, নাওর্বৌ, থমোয়, লেম্ফু, ময়াম অসিবু উম্না য়োমশিন্দুনা— চিংহুনা লৈবা হায়বা কুশৈম্ন অমা শানরি। হিঙিবগী মতিক ময়ামশিং অসিনা—থম্মোয়দা পুম্লগদবনা থম্মোয়দা পুম্ল ; লেম্ফুদা পুম্ন াদবনা লেম্ফুদা পুম্ল ; মরল্লায় পাংথোক্কদবনা মরল্লায় পাংথোক— চৌনকংসু লৈত, অরাবগী মরিকসু পক্ক—হরাও-তুজুং-ঈথক্ক। (সৎ-চিৎ-আনন্দ) শান্নরিবা মহাকপু—"তাইবংপানগী মবুঙো (পূর্ণব্রহ্ম ; God in his divine fullness) হায়রিবা অসিনি। অসিগুম্বা ঈচেল অসিবু নাও-রিয়া অহন ঈবুঙোনা কজবা রাহৈ শৈরেংদা থৈদোক্কনা শৈরেঙি। কাব্যং রসাত্মকং বাক্যম্ শৈরেং হায়বসিমক্কবু তাবদা খোইথুম্বা রাহৈ-পরেংনা শাগদবনি। হিঙিবগী মতিক ময়ায়শিং অহুনা থুঙা-থুঙারিবা মকমশিং অহবু—লাইজ তুরেন মপান, লোয়বী-চীং, উরী-কোনগী শুকথ্রবা উমং ওয়হল্লি। কনাবুসু তৌগ্রি মখোল তাহল্লি, কনাবুসু তৌগ্রি খোংহল্লি। লৌশিংগী মশেক মঙাল হাইদোরকপা অহুবুসু ঈবুঙোনা রাহোং মতু খুনগৎহুনা কোকতা থেৎচিল্লি হায়। শৈরেংবা হায়বসিমক্কবু নাতৈ পান্দম অমদা নপচা তাংজত্রবদি ইহৈ হৈনদে। বিনা শ্রয়ং ন তিষ্ঠন্তি কবিতা বনিতা লতা (উরী, নুপী, শৈরেং অহুম অসিদি তাংজত্রবদি লৈবা ঙমজদে।)

হিণ্ডিবা খৌরায়-মিয়েন (Immaterial spirits) মহাকপু খণ্ডনবা ভানবম্ন লাইনিংবা অমনি। নোংমবু মুথক নিপাল থোক্লা থায়দোক্লগা তুম্বা (সুষুপ্তি), পাগুবা (জাগরণ) নায়না অমম্ন অইং অশাগী ঈথক ঈহৌ নায়না হিণ্ডিবা অসিবু—ঐহাক্ন নোংমগী খুদা নিপাগ্নি হায়না লৌজে। কনাগুম্বনা ঐহাক্লা খুনজরিবা রাখুল অসিদগী হেম্না ওানবা মরোং অমদা ভাকপিরকঅবম্ন য়াম্না মুওায়-জগনি। ঐহাক্কী পাংদবনা, অহনগী শৈরেংগী রাখুল ঈরুড় নৈহম্ন-গদরা হায়হুনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনজবনি। অহুবু পাংদবা হায়বহুদি পাংদবনি, ঐহাক্কী নোমজবা অসিতবু অহম্না পেনবিসম্ন।

তাং ২৬। ৫। ৭৫ ইং

টি, বোকুল

( ১ )

অচিং তাংলৌ লোইহুনা নোংপোক মাইগৈ ডান্ঘরে।
তাইবং মরুপ পুমনমক্ লোইনা হৌগৎনঘরে॥
চিংথৈ ভাংডা হুনহুনা কোরৌ পাওজেন্ থোরক্লে।
তাইবংপান্গি মপুবু তাক্পা মতাং য়ৌরক্লে॥
উমং চেক্লা মরুপ্না লুংসি খোন্থাং খোংহুন।।
ইবুংঙোবু কৌবক্লে য়াকাইরোল্বু শক্হুনা॥
নামিবাদ মাঙ্বা য়াকাই থৌগন্ তৌজরি।
নানৌ উরোং চরোংনা হুমৈ হুমাই হাইজরি॥
মেংখরবা লৈপুন্নী ফম্বাল্ ফম্লেন্ মথক্তা।
মুক্খরবা উমংগী ফজখোইবা কৈকোন্দা॥
তাইবংপান্গি মবুঙো চেপ্কম্বা কাওরহুনা।
উমং লুংগি মরুপ্পু চেৎনা চান্না কোন্হুনা॥
মংগি ইহুন্ লিসিংদা লুংঙাই রাখন্ ঈপাক্তা।
লুংঙাই খোইনা তাওঘরে খোন্জেন্ ইনিন্ মরক্তা॥
মতম্ ওইরবনিনা য়াংৌবনা মাতক্নি।
থেংলবদি কররোই য়েকনথিবিক্ লাক্পনি॥
মপুনিংবা মনাইনা থৌরাই রানা থন্জরি।
থরা থিন্থরবদি খুদোং চারোই নিংজরি॥

---

( ২ )

উমংনুংদা লৈরিবা উংেক্ রায়া খিবিক্কি ।
মখন্ মথা য়াম্থ্রবা সানা চিংবা মরুপ্কী ॥
মখোন্ মনিন্ তাবদা ইবু: সু লেংখংলে ।
মতম্ লৈত্রে থংহুনা হন্জিন্লগে থল্লক্লে ॥
মরোং মচু য়াম্থ্রবা উমং লৈরাং খিবিক্না ।
চানা খোইবা মরুপ্পু কজ্ঞ লৈতেংবিহুনা ॥
কাওদনবা হাইহুনা মথং সিংনা পাওমেল্লে ।
মাগি মাগি মকমদা পুম্নমক্সু হন্জিন্লে ॥
তাইবংগিদি মবুঙো মনুং মপান্ উবনি ।
থংনববদমক্কি থোরম্ খিলিক্ তৌবনি ॥
পুক্নিং চেংনা নিংহুনা থবক্ থোরম্ হৌঘরে ।
থবক্ থোরোং থুদিংগি মরুপ শক্তম্ উঘরে ॥
উমং মুংগি মরুপ্সু পুক্নিং য়াম্না তয়াংঘি ।
তয়াংতসোই খল্লম্বা ইবুঙোনা কোক্পিঘি
মুংশিবগি লিচিংনা কন্নন্খিবা মরম্না ।
মরুপ্ খিবিক্ থোরকই লাইজ্ঞ তুরেন্ তম্হুনা ।
লাইজ্ঞ তুরেন্ ইচেন্দা তাইওম্বনা তাইনঘি ।
ইবুঙোগিদমক্কি ওন্থোক্নবু থোরাংঘি ॥
মরুপ্সিংগা উনরে তাইবংগিদি ইবুঙো ।

নুংঙাই কুমৈ পুখোক্লে তাইবংপান্পি মবুঙো।
লাইজ ইচেন্ ইরুদা নুঙাইখোইনা সানরে॥
হাইনমিংবা পুম্নমক্ মনিংথুংনা হাইনরে।
সানকুমৈ লোইহনা মতন্ফম্দা হন্থরে।
কুমৈ য়েংবা মনাইগি পুক্নিং য়াম্না পেন্জরে।
ইবুঙোগি পুক্নিংমু খোইনা হেন্না নুংঙাইরে।
মপুনাক্তা তংতনা লৈজরগে নিংজরে॥

---

( ৩ )

নুমিৎ কোক্চাং কারক্লে চংপা মতাং ওইরক্লে।
খৌইন্ ইরাং মাংওইনা ইথক্ ওইনা হৌরক্লে॥
উমংনুংগি মরুপ্কা উনরুসি হাইহনা।
তাইবংপান্গী মপুনা থৌরম্ থিবিক্ লোইহনা॥
খোংসাল্লগে নিংঙকৈ তাইবং মরুপ্ পুহনা।
হেক্না খোক্পা ঙম্বিদে তাইবং থৌরম্ য়াম্বনা॥
চানখোইবা মরুপ্কি তাইবা ঙম্খিদহনা।
উমংদগি খোরক্লে থুনা য়াংনা লাক্তুনা॥
ইবুঙোগা ফংনরে নুংসি চান্না উনবে।
সনা ইচেন্ চেন্লবা নুংশি পাওবু হাইনরে॥
তাইবংগিদি মবুঙো উমংনুংদা ফংনখি।

স্বকৃখরবা উমুংদা হুংঙাই থেনা শানুনখি ॥
চানখোইবা মরুপ্‌তি মফম্ তান্‌না চৎখরে ।
মফম্ অহু য়োরগা কুমৈ খিবিক্ সান্‌নরে ॥
সান্‌নখিবা কুমৈদি মনাইতনা উজখি ।
হাইনখিবা রারোল্‌দি মনাইতনা তাজখি ॥

---

( ৪ )

চানখোইবা মরুপ্‌না, লম্‌খাংদবু ঙাইহৃনা
চিংদোন্ থকৃতা লোৎহুনা লৈরম্‌লে ।
ইবুঙোনা মাংওইনা, তাইবং মরুপ্‌ পুহুনা
উমং তান্‌না হারাওনা লাক্‌লম্‌লে ॥
উমং মরুপ্‌ নহানা, খংহন্‌লগে নিংহুনা
হুইলাওবিবু ভংতনা খোংওক্‌ই ।
ইবুঙোনা য়েংহুনা, কদোম্‌দনো হাইহুনা
চিংদোন্‌থকৃতা ওইরবরা অন্‌লক্‌ই ॥
মিৎকা মিৎকা উনরে, মুংসি ইরাং তৌনরে
উমংমুংদা থিরকৃউ হাইরম্‌লে ।
কোইনা সাৎনা থিবমু, উমংমুংদা য়েংবমু
চানখোইবা মরুপ্‌না রারক্‌লে ॥
সানবগিদমক্‌পু, উনবগী থোরম্‌বু

অরুবনি হাইনা হনরি।
মনাই রাংনা হেনবদা, অঙকপদা লৈদুনা
কাদাইদবু মাংগদনা থনজরি।

---

# (৫)

মোদে নংকুঠা লৈদুনা কোরৌ অহনা ভানঘরে।
তাইবংপাননা মপুগি কুমৈ য়েংগে থনঘরে।।
মালং কুংসিং থুলরে মপুগি পাও পুদুনা।
উরি উপান্ হরাওবে কুংসি পাওবু ফংদুনা।।
উচেক্-রায়া খিবকুম মতু মমান্ খিংঘরে।
ঈরু ইচেন্ খিবকি কুংগাই মতাং ওইঘরে।
লোইনা মরুপ্ পুদুনা ইবুঙোম ফাওরকলে।
কুংসি তৌদ্রে খোংদুনা উমংকুংদা চংলকলে।।
চানা থোইবা মরুপ্কি লৈযম্ মফম্ থিরকই।
কদোম্দনো হাইদুনা কোইনা কোইনা য়েংঙকই।।
ইবুঙোগা লোইননা অথোইবা মরুপ্সিংনা।
মফম্ থুদিং চৎলকই ইবুঙোবু পুদুনা।।
কুংসি লোইবি ফংদুনা কুংসি ইকোই তালকই।
ময়াই কোনবু লানদুনা লাইজ তুরেন্ তালকই।।
তোর্বান্ উমং ফাওদুনা য়াইবিকে নদা থুংলরে।

লাইনিং অহন্ মরুপ্কা মথংসিংনা উনরে ॥
লুংসি য়াইবি লৈকোন্নি কজথোইবা মকম্নি।
লম্হুক্লবা মতম্দা তাকপিরিবা মকম্নি ॥
য়াইবিকোন্বু থাহনা থোংসংলেন্বু য়ৌরক্লে।
সনাথোংবু য়ৌরগা লম্দম্ অমা উরক্লে ॥
লুংসি মরুপ্থিবগি পুংকম অনি হাত্রক্লে।
সায়োল্লিবা ইবুঙো পুক্নিং য়াম্না রারক্লে ॥
লুংসি থোইবা মরুপ্না লৌনম্ অমা তৌহনা।
ইবুঙোদা হাত্রকই রাকগনু হাইহনা ॥
নক্থরবা মকম্দা লম্দম্ অমা লৈরম্লে।
অঙকপগি মসক্নি মরোং অমা ওইরম্লে ॥
মকম্ মকম্ থুদিংদা রাহোংমতু ত রম্মি।
মচু মথন্ য় ম্গরবা উমং লৈরাং সাংলম্মি ॥
রাহোং মতু থুদিংদা য়েক্পা খোংপা উহনা।
ইবুঙোনা পাইথংলি পুক্নিং য়াম্না ঙক্হনা।
য়েংথরুবা মতম্দা অঙকপবু ওইরম্লে।
লুংসি থোইবা মরুপ্কি মমিংতবু লৈরম্লে ॥
ইবুঙোনা হরাওনা কোক্থকতবু লৈত্তেংঙি।
অরা খিবিক্ কাওহনা মরুপ্ ফংলে নিংজঙি ॥
লৌনম্ ওম্বা মরম্না লৌনম্ তৌনা লৈগনি।
লৌনম্ হৈবা মরুপ্না লৌনম্তবু কাগনি ॥
উরি লৈকোন্ মমুংদা লৌনম্ তৌনা লৈরম্গে।

ভাইবংপান্‌গি মপুবু থৌরাংনবু ঙাইরম্‌গে ॥
মরুপ্‌ মসেন্‌ ফংনরে নুংঙাই খেনা সানরে ।
ঈশং মসেন্‌ তিন্‌গদম অনিমক্‌সু তিন্‌ঘরে ॥
নুঙাইবগি মপুংবু অনিমক্‌না ফংনরে ।
অচং চংঙা পুম্‌নমক্‌ উল্‌গি মতৌগুম্‌ঘরে ॥
চৌনবুংগি য়ারিবু মথং সিংনা সানরে ।
লোইনভম্‌ গ মতাংদা লোইসিন্‌নহনা থম্‌ঘরে ॥
অতং অকাং লৈতনা য়ায়ককুমৈ সানখি ।
মপু নিংবা মনাহনা কুনৈতবু য়েংজখি ॥

---

( ৬ )

উমংনুংগি মরুপ্‌সু মরুপ্‌ মপাং লোইননা ।
মহন্‌কম্‌গা হন্‌ঘরে ইবুঙোবু য়েংহুনা ॥
কুমৈ পন্‌হুপ্‌ লোইরগা ইবুঙোঙ্গু থোরক্‌লে ॥
লোইনা মরুপ্‌ খিবিক্‌সু ইবুঙোবু পুরক্‌লে ।
নুমিৎ কোক্‌চাং ঙাইরক্‌লে হন্‌বা মতাং ওইরক্‌লে ॥
ভাইবং সংগাই ভম্‌হনা পুম্‌নমক্‌ মাইওন্‌লক্‌লে ।
উমংনুংগি মরুপ্‌না নিংঙাই হৌখিদহনা ॥
মাংওইননা লৈরম্‌মি সরোন্‌দবু লাক্‌হুনা ।

কম্মখাংদা কৈ ডুনা কোরৌ ইরাং তৌরম্মি।
থাংনিংদবা লৌনম্না চেৎনা লাইবু নিংডম্মি॥
ইবুঙোস্থ লাকুডুনা উমং লৈরাং কৎলরে।
মুংসি থোইবা মরুপকা অমুক্ হনন্না উনরে॥
মুমিৎ মতাং থেংবনা পুকনিং থুংবা য়াররোই।
অরাম্ খোৌরাং পুম্নমক্ মনিংথুংবা ওইররোই॥
মনিংডম্বা মানরে মরন্যম্দা হনঘরে।
চানথোইবা মরুপ্তি নিংডম্দনা লৈহৌরে॥
ইবুঙোগী কুমৈবু মনাইতনা উজরি।
অরাম্ খোৌরাং লেন্ডুনা মাইগৈ পাংনা য়েংজরি॥

---

( ৭ )

কোরৌ লাইস্থ থোংডকলে, সনা ইচেন্ চেন্‌লকলে।
কনানা কুমৈ য়েংগদৌরিবা।
মাংলং তাম্না হুম্মকলে, মপু ইৎক্ হৌরকলে,
কনাদা ইজুন্ পিগদৌরিবা।
উরি উপান্ নানৌন', খুৎপু তোইনা হৎতুনা
কনাদা ইরাংবু পিরিবগে।
থোইমু থোইরা ডংডকলে, চেক্লা খিবিক্ থোঙকলে,
কনাদা পাওবু তাহন্‌লিবগে।

উমং লৈয়াং খিল্লিক্না, লৈকা কন্না সাংহুনা,
কনাগিদমক্ হরাওরিবনো।
তম্থরবা ম্রাহৈনা, চিংঙ্গুং শুল্‌না লৈহুনা,
তোহৈনা পাওব্ তাক্পা করিগিনো॥
থাইনা মৈচাক্ নংবব্, তাইবং কুমৈ থবক্পু,
মুম্ন তাইবংগিদমক্ ওইগনি।
লম্দাং খোংখাং চুম্লগা পাওশী লিখুন্ কংলগা,
ম্নুংসি থোইবা মরুপ্‌পু ফংগনি॥
তাইবংপান্‌গি মবুঙো উমং লৈকোন্ থারক্লে।
লোইনা মরুপ্ খিল্লিক্সু ইবুঙোগা শুল্‌লক্লে॥
ময়ুম্ সংগাই যৌহুনা পুম্নমক্সু ম্নুংঙাইরে।
কৈরোই লৈকাই পুম্নমক্ ম্নুংঙাই মপান্ সাঘরে॥
উম্নুং লৈকোন্ তাক্লিবা চানথোইবা মরুপ্‌না
সেংনা থাইনা য়াদবা মরুপ মপাং খিবিক্না॥
লেংমান্নবা খিবিকনা ইচু কিবু খোন্তুনা।
উমং লৈরাং পরেংনা নিংথি লৈতেংলহুনা॥
খংহৌদনা থুংলরে ইবুঙোগি সংগাইদা।
হরাওখেনা নোক্লরে ইবুঙোগি মমাংদা॥
কোরৌ অহন্ থৌকন্বা পোথা সংদা চংঘরে।
মরুপ্ মপাং পুম্নমক্ ভিন্নবুংদা ভিন্‌ঘরে॥
কনাগুম্বা মরুপ্‌না পুংয়ৈ সেংগোং তৌরক্ই।
কনাগুম্বা অমনা ঈসৈ চানা সক্লক্ই॥

কনা কনাগুম্বনা জগোই খোংথাং তৌরকুই।
অতৈ অতৈ মরুপ্না অরাই অথুম্ হাইরকুই॥
লৈকোন্ সংবা মরুপ্না ইবুঙোগা উনরে।
অচিক্কম্না খোক্চুনা অচিক্ ৱাবু হাইনরে॥
চুমিৎ তাবা মচুংগি কুবৈ পল্থাং পোইচুনা
মহন্কম্দ হন্দ্রে লেংথান্দনা খিবিকুনা॥
মপুনিংবা মনাওগি মপুক্নিংদা চিংনখি।
কুমৈ মতোন্ লোম্বগি মতাং লৈরি নিংসংখি॥

---

## ( ৮ )

সুক্খরবা উমংগি থুপ্খরবা লৈকোন্নি।
লাইনিং অহন্ মরুপ্না য়োঙম্দনা মরুম্নি॥
অচেৎ-চেৎতা তাইবংগি হৌরক্কম্লাগ ময়োল্নি॥
তাইবংপান্গা মরুপ্কি চনাজিন্কম্থ ওইরনি॥
নোংয়াই চচিক্ চুন্লকলে তাইবং চুম্থুন্ চুন্থরে।
উমং চেক্লা মরুপ্না মতম্ নাইনা খোংথরে॥
তাইবংপান্গি মবুঙো অরা পোথা লেন্থরে।
চেক্লা পাওজেন্ কাংবদা পুকনিং ফাবা ঙম্লরে।
মতম্ ওইরে থংচনা সাজেন্ পুজেন্ লোইচনা।

লৈকোন্ ভম্না সাল্লকই কনাবুন্থ হৌদনা ॥
ইচিকহুনবি লাইরেন্বি তম্পাক্ কিঙৌ সন্থরে।
চানা থোইবা মরূপ্সু ঙাইভম্দনা ঙাইঘরে ॥
ইবুঙোদি থুংলরে উরিকোন্গি মনুংদা।
চানা থোইবা উনরে তিন্নকম্গি মকম্দা ॥
তিন্নকম্দা তিন্বনা তিন্বা মপুং ওইবনি।
ঈসিং মসেন্ তিন্বগি মরোংগুম্না লৈবনি ॥
পুক্নিং পুক্চেন্ তিন্বনা পাওথুম্ লিথুন্ মানরে
ইপাক্ ইথেন্ মানরে ঈশিং মপুং ওইঘরে ॥
থংগদবা থংনরে পাওচেন্ পাওহন্ নাইররোই।
হাইগদবা হাইনরে অরেম্ অপা লৈররোই ॥
খোগনজবা তাইবংনা কৃমে লোম্মে নিংজরে।
মপুনাকৃতা লৈবনা চৌকম্ মকম্ থংজরে ॥

---

( মকম্ অসিদা লাইনিং থুদা নিপান্
লোইরে )

অহানবা কোঙবা ১৯৭৫
মশিং ১০০০ ।

মীতৈ মল্লপ, ইম্ফালদা নোভেলটি প্রিণ্টর্স, ইম্ফাল, নিপা কেথেলদা
নম্লগা কোঙবা ।